মকম : ডি মনিপুর কো: ওপ: পব্লিশিং সোসাইটি লিমিটেড, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

অহানবা খুৎনম

১৯৭৬



মমক অইবগী

# কচ্চবা

নীংবা কাইবগী শেম্পাক্তা
পীরাং থম্মা হাপ্তুনা
পাবীরিবশিংগী মফমদা
কচ্চরি —
''নীংবা কাইরবা ভেংথা''সে ।
লৈরাং লৈচম চাত্রবসু
লৈরেং লৈফাইনরিবা
পারি চাওদা হাওবনি,
নোক্ক রাংমদা থম্বীয়ু ।

# য়াওফম

# নীংবা কাইরবা তেংবা

শিহয়ক্রি মীংকৗ নৗয়াং
মীংকুপ কাদনা
নোক্রৌ নখা উরগা
উচ্ছপে তাইবং খুদিংদা,
পুন্সি কেমত্রি কাওবা
নীংবা কাইরবনি বংনবা ।
তমজমরবনা দাক্রেকো
হম্বক মপোকসিগীদি
খলবনা হুংশিরবনা ।
মপোক মপোক কয়াতু
ওইজপে এনী পুন্সি
লেজ খল্লোইনী অদা ।
হয়া হয়া মাংসত্নু
নীংবা খুংদমা কেমসত্নু
শিংগমত্রবা হুংশি দমত্রি খলপে ।

হয়া হয়া কাউথোকপিয়
মপোক লাংওন খুদিংগী
মীংকী শীতনা উচ্চগে
ঐনা নংবু হুংশিবা।
শোপ্লগে ঐগী
"নীংবা কাইরবা তেংথা"সে।
মপোক মপোক খুদিংগী
হুংশি লৈপুমহনা
পাম্মু লৈচিল শকম
য়ে হনা পেঞ্জগে।
কাওহনবীগু হেঃ ঈশ্বর!
শোন্দুনা পুল্লি লেঞ্জগে
"নীংবা কাইরবা তেংথা"সে।
হুংশি থম্মোই থংদনা
হুংশি খোঙ্গুল লিরবা
য়াখল লম্মুয় হনা
কাইনা পম্বেং য়ৌরেদো।
হুংশি নংগী থৌজাল
কুমজা কয়া তাইজবা
লোম্বোক্তবা পোম্বী ওই
হুংশি ঈয়িক কংউমদা
পোইরৈ তায়া ইরেদো।

লুংশি থম্মোই থংবা
লুংশি খোজুন লিরুবা
লুংশি খোজাওমবীরেদো ।
লৈরাং মানা শাংপদি
লাইবক ৰবা মাগীনি ।
মীথুং চন্নবা লৈরাংবু
লুংশি শোনশি শোনজমদে
পাম্বু কৌশি কৌওমত্রে,
শোজবা নতনা
"নীংবা কাইরবা তেংথা"সে ॥

# পীরাং

নাইতোম লেপ্পুনা
পীরাং শিন্থরিবা
নংবু কনা'নো ?
অরাবা কোংদোকপরা ?
মুংঙাইবা কোংদোকপরা
নদোম লেপ্পুনা
চিক্লা লৈরিবা,
তুজুং রাখল
করি থল্লিবনো ??
অরাবগীসু নত্তে,
মুংঙাইবগীসু নত্তে,
নীংবা কাইরে তাম্বা
তাইবং মাংদা
শিন্থরিবনি পীরাঙদে ।

## মীংবা কাইরবা ভেথা

ককওাওনরবা মুংশি লম্বীদা
কাওথোকপীরম্নবা মুংশি ভীক্কারিনি
চংক্লকম লৈত্রবনি খংনবা।
মুংশি মানা কাওথোকপীরবদা
থম্মোই হংলাক চন
নীংবা কাইনা নিংদোনচে ং
পীরাং শিন্থবসি উরগা
মুংশি মানা নোক্কসন্নু
মীপূম তিংনা খংসন্নু॥
শিন্থৌ শিন্থৌ পীরাংদো
মুংশি মানা উসন্নু
পাম্মু মানা খংসন্নু॥
মুংশি মানা উনবা
নত্তে,
পাম্মু মানা খংনবা
নীংবা কাইরবা পুন্সিবু
মীপূম তিংনা খংসন্নু
শিন্থরিবনি পীরংসে॥
ওকলে, শিন্থবা হোকলো
থম্মোই পানবা হৌনদে
মুংশি থংদ্রবা মীনা,

কল্লি অংকে রাত্রি
থম্মোই পান্নবা মাপীদা,
তোক্লো তোক্লো শিঙ্খবা।
মুংঙাই মশা
পোকতমত্রবা মপোক্‌তা
লোমত্রনিনে মতোন।।
চান্নখোইরবা মরুপলোই
ইপেক থিরবা ইতৌদা
শোক্লবরা থম্মোই য়োনা,
হরাও তয়াম বসন্ত ঋতুদি
হৌখ্রনিনে চান্নবা মরুপ।
লাক্লবস্থ বসন্ত ঋতুনা
খোংলবস্থ কোকিলনা
থম্মোই বসন্ত কোকিলদি
লোইরবর্নি হন্দক মপোক্কী,
মশানৌ য়াওদনা লুহোংবা
পুন্সিগী অরোইবা পম্তুংনি।।

# নুংশিবা

কদাইদা লৈবগে 'নুংশিবা'
কদাইদা পোকপগে 'নুংশিবা'
থিরকপদা মীওইবনা 'নুংশিবা'
লৈতে 'নুংশিবা' থরাইদা
মীপুম থুদিংনা য়াবরা ।।

মমীং তাংলবা মীনা
নুংশিবা শক্তি লৈবনা,
থরাই পানবা পুম্বা
লৈগনি শোইদনা নুংশিবা
লৈগনি শোইদনা থরাইদা ।।

মীনা শিরগা কপনরি
থরাই চৎত্রে হায়না ;
থরাই য়াওদ্রবা হকচাংবু
ভয়রনে কোন্দুনা থম্বা
কিরকনি থরগী চুংদা ।।

## মীংবা কাইরবা তেংথা

মচা মুংশিন্নবা কয়া
মরুপ মুংশিবা কয়া
শাবী শানৌ মুংশিনবা কয়াম্
ঙশোমাই হকচাংব থম্মা
থোকপ্রবদা থরাইনা হকচাংদগী ॥

থরাই য়াওদ্রবা হকচাংদো
থাদোকপ্রনি মৈমুংদা
হুন্দোকপ্রনি লৈমুংদা
কাওপ্রনি থরগী তুংদা
মুৎপ্রনি মুংশিবা মখিদো ॥

থরাই য়াওদ্রবা হকচাং পোলাংদো
হল্লক্রবদা থরাইনা হকচাংদা
তোক্কনি কপ্পা শোইদনা
পামদে হকচাংবু মুংশিবা
মুংশিজগে ঐদি থরাইবু ॥

সেবা পাম্বা হকচাংও
য়েকউ থরাই মাবু
চৎপ্রবদা থরাই মানা
লৈরোই মুংশি নংনা
ঙংলোই সেবা নংনা ॥

## নীংথম কাইহবা খোংথা

থরাই য়াওব্রব হকচাংদো
থরাই মানা হল্লকলবদ
তোক্লোইজ্রনে কপ্পা মীওইবনা,
থরাই মানা চৎখিববু
পা'মুহ কপ্পা নপ্রা !!

নৈনে মুংশিবদি থরাইদা
নৈনে পান্মুবস্থ থরাইদ',
ঐগী থরাইনা মুংশিবদি
নংগী থরাইবু মুংশিবনি
নত্তে নংগী হকচাংবু ।।

নংগী হকচাং পোলাংনা
মরুপ 'মগী ওইপ্রবস্থ
কাওদ্রি নংগী থরাইবু
নৈরিফাওবা ঐগী থরাইনা
য়ারোই মুৎপা মুংশিবা ।।

থম্মোই শেংনা মুংশিজগে
শিবা নাইদ্রবা থরাইবু
মফম কয়া হোংলবস্থ
মুংশিজগে লেংদনা থরাইদা
পামদে হকচাংগীদমক মুংশিবা ।।

পামদে শাজিন্নবা সুংশি৷৷

পাপ চেল্লবা হকচাংদো

হুন্দোকখ্রগা থল্লাইনা হকচাংবু

কাওখ্রনি হকচাংবু সুংশিবা

ফংলয়োই উবা হকচাংদো ॥

লৈথিসন্ন হকচাংনা অমদা

হোংলোই নংগী নফমদা

ঐগী থল্লাইনা সুংশিবদি

নংগী থরাইবুগনি সুংশিবা

নত্তে হকচা[illegible] ॥

নংগী থরাইবু উজ্রবসু :

মীংকী নাক্লা লৈবা পাবু

মীংনা উবা ফংদ্রবদা

মিংশেলগী মতেংনা উবগুম

উগনি থল্লাইগী মতেংনা ॥

থাদোক্লবদা থল্লাইনা হকচাংবু

কাওরবসু হকচাং মানা

ঙম্মোই কাওবা থল্লাইনা

মংলোইদবা থল্লাই লৈরি

সুংলোই সুংশিবা নংবু ॥

# খুন্দীজ্রবা

সুংশি নংবু কৌরিয়ে
থম্মোই শোক্কা কৌরিয়ে
থম্মোই পোন্দা য়েংকচগে
অন্না-সুংঙাই লেনমিল্লসি ।।

ফংজ্রবদা সুংশি নংবু
কাইরনি ঐগী থম্মোই
শাগৎচরম্বা অশাগী দলান
মাংথ্রনি অরেম্বদা কংথ্রনি ।।

সুংশি নংবু লাংকঙনে
সুংশি নংগী থম্মোইদা
সুংশিবা মরিক অমাফাও
লৈজ্রবরনে সুংশি নংবু ।।

থম্মোই শোক্কা কৌরিয়ে,
খুন্দীবা লৈতে মানা
লোনথোক্কবমক্তি নত্তে নংসে
থংমনদে নংসে সুংশিবা ।।

খুম্বীবদি কৈ খল্লি
মুংশিববু মীরাইরবরা
মুংশিববু হোংবা নাইবরা ?
পাম্মুববু লরুবনি থনবরা ??

ঐনা তোইনা কৌরগা
খল্লবরা মুংশি নংনা
লাংদা থুরবা শানা
নাম্থোক উপাই থিবগুম ।।

পাম্মুববু তাইগন্নবগুম লৌরবরা ?
অপাম্ববু মীহৌবনি নীংবরা ?
মুংশিববু পাপনি খল্লবরা ?
নত্রগা, মুংশিবা য়াওদ্রবা পুন্সিরা ??

মুংশিবনা চেৎচবনি নংবু
গামজবনা কৌবনি ঐনা
থম্মোই পোন্দা য়োকচগে,
রারোগনু মুংশি নংনা ।।

শাবৌ তেন্না পাল্লবদা
থুদেক্করি ফাওবা, যাদবগুম শৎপা
ঐগী পুন্সি থুদেক্করি ফাওবা
নঙোন্দা থেৎকনি খল্লবরা ??

অপাম কাদা থুংলুরো
মুংশি কাদা শাৎলুরো
মোমোন মোমোন নোক্কুন'
অপাম মুংশি মপুংয়াইদা ।।

মালংবনা পুরকপা লৈনমবু
[illegible]
লৈনম খংহৌদবগুম
থম্মোই শোক্না লৈহৌরে ।।

খুম্বীদ্রবম্ভু উবীয়ু
মুংশি লম্বী থিবদা
ঙাওরবা মাগী শক্তম
কেম্লবা মাগী পুন্সি ।।

লাংদা খুরবা শজিনা
মখোং লৈবাক তাঙমদা চোংববু
লাংথাকপা মীনা উরগা
তরাও মোমোন নোকচৈদো ।।

মুংশি মৈশা লাংবনা
থম্মোই লাইমন ওইহনা
নীংবা কাইনা ককঙাওনবা
নোকপীয়ু নংনা উরগা ।।

অমনা ৱারগা নোকপা
মুংশি খংদ্রবা পুকচেল্লা ?
ৱাখল লৈতবা থস্মোইরা ?
পুকচেল পিকপগী হৌনশারা ?

শোগী লাংথাকপা মীনা
উখোং মথা শোজাম হাপ
তেকফাত্তা উশা থারম
উহৈ য়াল্লমরগা চৎখিদো ॥

মচিঞ্জাক লাম্বা য়োংনা
উহৈ চাগে লাকপদা
তেক্কা তারক্লবদা উশানা
থৈত্তুনা চৎপা য়াদেদো ॥

উরবস্থ য়োংনা শৌয়ামদো
য়ুগনি খংত্তুনা য়ুবগুম
তারবনি খনবিয়ু ঐবু
য়ুরবনি খনবিয়ু নংনা ॥

## কাওরবরা ?

কাওরঘরা মতমদো কাওরবরা ?

হৌখিবা পুন্সি কয়াদা

পাওমেন্নখিবা মুংশি রারী

লীমখিবা অরাবা রারী

শানখিবা মুংঙাইবা রারী ।

কাওরবরা মতমদে কাওরবরা ?

চংমিন্নখিবদাই নোংমস্থু নংগা

হায়গে হায়ঙমদা নঙোন্দা

হায়দসি খাংঙমদা ঐনা

মুংশি হায়বা রাহৈদো ।

কাওরবরা মতমদো কাওরবরা ?

ঐনা রানা খাংবদা

উদ্রনে নংনা ঐবু

রারম্মোই খনবরা নংনা

রাদবা নত্তে ঐনা ।

কাওরবরা মতমদো কাওরবরা ?

শামিন্নখিবদাই রারী কয়া
নতারোই কয়াসু য়াওনা
সুংঙাইবা রারীগী তাম্থাদা
শাখিবদাই মীৎকী জগোই ।

কাওরবরা মতমদো কাওরবরা ?

ফজরবা মীৎকী জগোইদা
তুমীন লৈবা ওমদনা
মোমোন মোমোন তৌখিবা
ভাবক শক্লবা চিনবান্না।

কাওরবরা মতমদো কাওরবরা ?

লমখাং কৌবা মফমদা
নতারোই কয়াগা চৎপদো
ঐনা উরগা নংবু
মীৎকী জগোই শারম্বা ।

কাওরবরা মতমদো কাওরবরা ?

নোংমা কৌবা সুম্বিৎতা
হৈরাং চামিন্নসি তেমশিংবা
নংনা য়াদা চৎখিবা
ঐনা চাক্না লৈহৌবা !

কাওরবরা মতমদো কাওরবরা ?

থেংনৌ তম্বা সুমিত্ত
থম্মোই রাহৈ কোংদোকপা
থেংলে চংখিবা নংনা
চাক্তবা নত্তে ঐনা ।

কাওরবরা মতমদো কাওরবরা ?

চাক্লিবা মাবু উদনা,
থম্মোই মকা লাম্বনা
রাদা পুকচেল পুবনা
সুংঙাই কাদা শাৎপ্রবনা !

কাওরবরা মতমদো কাওরবরা ?

চুংশি ভিন্না চিক্লবা
কাইনা পম্বুং য়োরবা
অন্না মৈশা লাংলবা
মহাক লৈরমগনি নিংশিংদবনা,

কাওরবরা মতমদো কাওরবরা ?

লৈরি হৌজিকসু ঐদি
গৌখিবা মতমগী ঐদো
ওইরি অহুমক হৌজিকসু
হোংবা তৌদে ঐগী রাখল ।

কাওরবরা মতমদো কাওরবরা ?



# কিজৈ নুংশিবা নংগী লাইনা

কিজৈ নুংশিবা নংগী থৌরি।

কল্লবা য়োংকী থৌরিনা পুনবদি

নাম্থোকপা ঙস্মী লাইনা

পুল্লবদা নুংশি থৌরিনা

ঙমদে নাম্থোকপা মহাক্তি ঙমদে।

কিজৈ নুংশিবা নংগী লাইনা।

চংলবদা নংনা মীওইবদা

ঙাওহল্লিদো মীবু নংনা

শোস্থহল্লিদো কল্লবা পাঙ্গলবু

মা হল্লিদো ফজরবা কুচুবু।

কিজৈ নুংশিবা নংগী লাইমন।

চুমবদা নংগী লাইনানা

অরেম্বনি ঈরাৎ-পূজ,

অরেম্বনি চাকোল নঙোম্বা

ত্রিংলগদা তোকই কাম্মদে।

কিজৈ মুংশিবা নংগী লাইথুং।

কৃষ্ণনা নংগী থৌ
কাওহল্লি মথৌ কন্নাবু
কোকপা ওমদে চুপ্রবদা
কপহল্লি মপুম থিংনা ;

কিজৈ মুংশিবা নংগী চমন।

থোকহল্লি নংনা রামায়ন
থোকহল্লি খম্বা-থোইবী, নোংবান
থোকহল্লি সাবিত্রি- সত্যবানগী রাশী
পুম্নমকসি নংনা নজ্রা ;

কিজৈ মুংশিবা নংগী শৌ।

অস্নুক কনগ্রবা মগ্রাইবু
কিদ্রনে, কাইনগে থৌরাংলিবা মীদো
থংদবরনে, মুংশিবা লাইনাদো
থেংনদ্রিবরনে, মঙোন্দা মুংশি লাইনা।

কিজৈ মুংশিবা নংগী লৌ।

মুংশিববু কাইননবা মুংশিবা মীহু
করম্বা মখলগী মুংশিবা ওইরমগদ্রা ?
থম্মোয় পান্দবা হায়গদ্রা
হায়কম থংদে, ওকপা নত্তনা।

---

# কাউথোকপীরবা

থাবল ইপোম খুদিংগী
ওইহনখিবা পুক্লিংবু বসন্তা
লমন ভোল্লবনি থম্না
পুন্সি চুম্না নীংবা কাইনা
লেনবা তারবস্তু
মুংলরোই নুংশিবা মমিদি।
নোংজু থাগী মরিক চুম্বা নোংনা
লেপখিবদা থোক্লকখি মেরাগী
মপূং ফারবা থ.বল,
নাকেল থাগী মতমদা
মনা পুম্বা য়'ওদ্রবা
মরু কোক্লবা উপাল য়েংহনা।
অহুবুনে চান্নবী ঐগীদি
মতমগী মতুং ইন্না
কাইখি থম্মোইগী শাগৎচরহ্না অশা।'
নীংবা কাইরবা নুংশি তোর্বান্দা
লেপচরি ইদোম মতম চুপ্পদা
পোখাদে নংগী মাখলদা

মীৎকুপ অমা ফাওবা।
প্রেমগী ঈপাক ঈয়াইদা
লুপথনি মুংশিরুবা মহাক্তি।
শীঙলেল নাওরোইদোংনা
শাৎলবস্থ উমং তাম্না
লৈরাং লৈনম য়াওদবনা,
শীঙলেল মাবু লৈথানদবগুম
ময় ই চমলবা মপোক্কি,
মুংশি খংদ্রবা মহাকপু
চেৎনা মুংশিরুবা মহাক্তি।
মান্নদে রাখল নংদি ঐগা
খংদবনা মরম ওইদুনা
অশেংবা মুংশিবা মশক।
খল্লম্মীকো ঐহাক্না নংবু
নৌরবা নহাক্কী শক্তম
মজবনা থল্লবা চেংলো,
নাল্লবা নহাক্কী খোংনা
মোৎলবা লৈবাক্তা থাদুনা
লাকপা ঐবু উনব,
মদুনা অশেংবা মুংশিবা
ওইরমগদ্রা খল্লি ঐনা।

নংগী অইংবা ওইগত্রা
হায়নসু খল্লি ঐনা।
পুন্সিগী ওইবা লম্বীনি
শাংলবা লমখাংনি থল্লা
অশা চাওনা শাগৎলবা
পুক্লিংগী অশেংবা য়ারীনা
য়াইচিনখি নংগী নাকোং।
শাওবীগনুকো !
থংদনা মুংশিরুবা ঐগী
ওইরবসু ইরাল কয়া
মুংঙাইতবা মৈচাক থাংবনা
ভমত্রবসু থম্মোই পুবা,
ঐনা নংবু মুংশিজবা
থংবীখিবনা নহাক্না
য়াল্লে দা ঐগী মুংশি মৈহৎ।
মুংশি মহৈ য়'নহনবগী
মুংশি খুদোল তমলমদে
য়াম্নোগনুকো ;
ভাকপি হৈবা থম্মোইনা ॥

# অকংবা উপালন উবদা

খুংশি চৈনা কংবনা
মপুম খিংলবা মহাক্কো
চংলি ভুরোই ঙামলোই
মবুক্তা মরুম কাইরবা য়েনবীগুম
চংলি খোংথাং তপ্পা তপ্পা।
তিননিংত্রে সমাজ্র মরক্তা
চংখি শোংলবা উমংদা ॥
উরগা অকংবা উপালবু
হংখি থল্লোই শোক্না।
হে ! অকংবা উপংলও !
করিগীনো নংনা কংবদি
ঐগুম নীংবা কাইবনরা ?
নত্রগা !
অরোইবা পুন্সি য়ৌবনা
কংবরা উপাল নংবো ॥

হে ! থৌনাইদবা তাইবঙও
কান্নরোই করিস্থ নঙোন্দা
ঐগী অন্নাবা হায়রীদা
ওইজবা থিবা তাইবঙও
তৌরুচো সমাজ সেবা
তৌরুচো নমা লৈবাক্কীদমক ॥

উপালও। মুংশিরবা মরুপলোই,
মুংশি মৈচাক পুওমদা
চংলুবনা, চংনবীগী হাংমদা
চংনবীবু কিবনা লমজিং ওই
ইস্থোকপিরবদা মুংশি মহাক্না
লৈঙমদ্রে সমাজ মরক্তা,
লাক্লবনি নখোইগা মরুপ ওইজগে
তাকপিয়ু কৈদৌগে মরুপলোই ॥

খংনিংলবদি অত্থক য়োনা
তাক্লগে তাইবঙও তারো।
নত্তে অরোইবা পুন্সি
নত্তে নীংবা কাইবগীস্থ
লৈরক্ত্রবা মতমদা মালেম্না
ঐগী নাক্তা লৈহউ,

লাম্বা কংলক্কেদো ইথুংনা
নখোই তাইবং মীশুম্না
ওইদা ৱাহৈ শিজিন্না
থিক্লবা কোইনা চত্তুনা
চিরোল তৌরগা হিংজবা
পামদে ঐহাক্তি ।
কংলক্ত্রবদা ইথুংনা লাম্বা
তৌরোই কনাদস্মু চিরোল
মীঃহৌদে কনাগী মপোংস্মু
ইদোম কংনা শিবনা
ঐগী ইথৌনি ।
নখোই তাইবঙ মীদোনা
কংনবগী ওইজবা
ওইদা ৱাহৈ শিজিন্নবা
পামদে ঐহাক্তি পামদে
কংনা শিবনা ঐদি
ঐগী ৱাশক ঙাকপনি ।
কংবনা ইহৈ য়াক্রবদা
থাদোক্লবস্মু উচেকশিংনা ঐবু
তোক্লোই তৌবদি সেবা

তৌরমগ্নগী ভাইবংদা কংলবস্থু
তরা চাকলেন্ন মুরবা,
কংথোক্রমগনি ভাইরং লেবা ॥
উপান মাদি ভাইবংদা
কংলবস্থু লোক্কে লেরা,
দান হৈবা উপান্না,
পীরি সমাজদা দান
কংলবস্থু উপানা মাদি ।
তৌরোই করিদা ঐখোইদি
সেবা ইমা লৈরাকী,
দান থংদবা ঐখোইগী ইত্তোদা
নীংবা কাইরে ইম্মাদি ॥
য়েক্কবনা পল শারবা মতমসিদা
মরাল লৈজত্রবী ইমা ভারত,
অচুম্বগী মাঙ্গা লেপ্পা
ওম্বা কনানো অক্কবা
কিগনু ইমা ভারত,
ত্তৌগনি সেবা নচা ঐখোইনা ।
মীচা শিসক্ক থরপা
ইচা শিবনি ।

মীগী কনবা নিংলণা
ঈশ্বরগী মতেং ফংবনি ।
কংথোকচুনি ইমাদা থবাই
নীংবা থুংসনু ইমাদো,
নোকহননি ইমাবু লানথম কিরাম্ব'
অচুবু, কদাই এরদি
থাংবা ওমদ্রে খোংথাং
ওমদ্রে ইমাগী সেবাসু
ও । ওন্থোকপনি মুংশিবা
কল্লিকো নংগী লাইনাসে
কেমহল্লি পুন্সিসে নংনা
ওমহনদে সেবাসু ইনাগী ।
মুংশিবগী চৈনা নৈহংলবা
শিরংদাইগী শং থল্লবগুম
মপুম থিংলবা মানা
চংগনি করম্না লানফমদা ।
লেংবা ওমদ্রবা হকচাংনা
তৌরুনি করম্না সেবা ইমাগী
মুংশি মৈনা চাকপনে
ইমা সেবা তৌনিংবনে

শাদানবগী ভেল্লা পাল্লবা
লাংদগীদি নাম্বোক্লবা
উপাই লৈজত্রবী শজিনা
শান্নাক তম্নকপা পাম্বা,
অনিগী মরক্তা চেনশিল্লবগুম
ওইরেদো ঐহাক্তি ।

# ভংলৈবা কুন্দো পরেং

অপাম মুংশি থুংনলৈ
মুংশি মশক তাক্লৈ,
তালোই মশক থংনলৈ,
অরা মৈশা কোক্লালৈ,
কুন্দো কৌবী লৈরাংও!
লমদম কৈদা শাৎপনো
থম্মোই শোক্লা কৌরি
খোংথাং থুদিং হংলিয়ে ।।
ভুমিন লৈবা ওম্মক্তরে
লৈরাং ওইবী কুন্দোদো,
কৌররে লৈরাং লৈনম্মা
পুরক্লে খোংনাইদবী মালংবনা
তাক্লে চিক্লাইদবী থংগোনবন ।
পোমশাৎনবা লৈরাংগী শক্তম
মোমোন নোকপা উরপা
লৈরাং নংবু থিবদা

# নীংবা কাইরবা তেংথা

চোকথরব হকচাংসে
[illegible] [illegible] হান্দোক
কাওথরে অয়া পুম্বা ।
লৈরাং নংনা শাংপদি
নরক কৌবা [illegible]
তাইবঙ কর্না [illegible]
মাংলনি [illegible]
থংলোইদো শীঙেল লৈশকখি ।
লিংজেল মাম্ব' লংলাদা
লমজিং য়েত্তুম থুংইমা
লৈরাং লৈচন লেমজনা
শীঙেল শারেপ তমজগে —
মাঙ্গা ওক্তা লৈথেংচবা
অপাম থুংশি মগুম্মাই
লৈরাং লৈশাং তম্ববদা
হুন্দবা ওম্বগে কনাগী পুক্নিং ।
অশা চাওনা লেংজবা
কুন্দো কৌবী পয়েংদো
য়াথং ইনবা থুৎনা পাই
থম্মোই য়াথং থুইনা

পা'মু ওক্তা শুকে খন
মুংশি নাক্তা পাংলকে।
কুন্দো কৌবী লৈরাংত
পাম্মু ওক্তা ওয়াংদৌ
মুংশি ওক্তা শাংবীরৌ
পাম্মু ওক্তা হুরগে।
অঙুকপনি ! ...
মুংশি নংগী লীলা
ধর্ম্ম পলনা রাংবরা ?
মুংশি থৌরিনা কনথরা ?
চৎনবীগী লিচিংনা ভইথরা ?
সমাজগী মীংয়েলনা থৌবরা ?
য়েংবা ওইনা থোকখ্রে।
ধর্ম্মগী পলনা খারবদা
চৎনবীগী লিশাংনী চিংবদা
সমাজগী মীংয়েং থৌবদা
কুন্দো কৌবী পয়েংদো
মুংশি ওক্তা শাংথমখ্রে
পাম্মু ওক্তা ভানথমখ্রে।
লিংজেন মায়া' লংদাহু ;

ঙমদ্রে মান্নবা, লিংজেন ;
কুন্দো কৌবী লৈরাংদো
লৈমাইদা চোইনা ত'গ্রে ।
সুংশি ওইবী মহাক্তো
মশাগীবু হুন্দোকংগ্রে,
বর্ম্মগী পলবু লানগুংদা
চৎনবীগী ঈচেল থৈঙমদা
সমাজগী মীৎয়েং খাংঙমদা
সুংশি মাবু মীরান্নরে
পাম্মু মাবু থৌওইদ্রে
মশাবীবু কাউথোকগ্রে।
চোইনা তারিবা লৈমাইদা
কুন্দো কৌবী লৈরাংদো .
নেৎথৎপীরে সুংশি মানা
নিঙোল ওইবী নংাকপু,
পাইমা থৌত্থ সুংগুম কনবরা
মলেম লৈদা তারিবা,
নিঙোল অপাম তাক্লৈ
সুজা পুন্সি পন্থুংলৈ .
শীংেল লৈনা চোই'ববু

নিঙোল পাইমা খম্বদা
মুরানা খোংনেৎনবদি
মুজা পাংথক ওইরিবা
শীঙেল লৈরাংনি কাওরবরা !
নিঙোল পুকচেল* হৌনশারা !!
মুংশি কৌথিবা শেংহক্কো
পাম্মু কৌবা রাহৈদো,
মুৎপ্রে, মুংশি হায়বসু
মাংপ্রে পাম্মুই হায়বসু,
নীংপ্রে মুংশিবসু কৌশিংনি ॥
থম্মোই শেংবা মীনা
মুংশি হায়বা রাহৈবু
মগুণ রাংনা থমজবা
হুম্ননবা ওইরমলে, মগুণ
মুংশি হায়বা রাহৈদো ॥
নিঙোল্লা খোংনেৎনবীরবা
কুন্দো কৌবী লৈরাংও !
মুংশি পুকচেল থংদনা
কুন্দো নংবু লেংজরুবা
ঐগী ইরান্নি থনবীয়্

কুন্দো কৌবী নংশা লমম্ভি  
হয়েং কৌবা মপোক্তা  
হুংশি মশক থংলগী  
পাম্মু মানা লৈংজ্রবা কামঁ  
লৈরাং নংবু অঁমুক লৌরগে  
লৈরাংগী লমনে শিংজগে।

---

# চৎনবীগী পল

চৎলিদো মতম্না উনা উনা
ঙাইবীবা তৌদনা কনাবুস্থু।
হৌখিদো মুংঙাইবগীসু মুংঙাইনা
লেনখিদো রাবগীসু রানা।
কপ্লিদো থরনা মরুপ কাইনবগী
কপ্লিদো থরনা মচা কাইনবগী।
অপাম মুংশিং শেংনরবা কয়ানা
অরা তেংথা ওইরিদো।
নোকইদো মুংঙাইবা কয়ানা
অরা-অনং কাওতুনা॥
শাংলিদো লৈরাং কয়াসু
পোম্মীদো শীঙেল কয়াসু।
কেনখিদো লৈশাং শুরবা কয়ানা
কেমখিদো পোমশাংনবী কয়াসু।
লৈকোল অমত্তগী লৈরাংনি
ইমা মনিপুরগী লৈকোলনি।

চীংগা তমগা পুল্লগা
মনিপুর ইমা কৌরীদো।
মীংলেন অমত্তগী ইমাদা
লৈরিদো য়েক্লবা কয়া।
থৈনাহল্লিদো ধর্ম্ম কয়ানা
খংনহনদেদো তিল্লদবা লোম্না।
মুংশিনহল্লেদো নজাৎ ইজাৎ
পূম্নমকসি ইমা নচা নক্রা ?
থেমজিনবীয়ু ইমা, নচাশিংবু
লিংজেল অমত্তগী লংলানা।
চে:ইথে.কহনবীগন্ন ইমা, নচাশিংবু
হাপচিনবীউ মুংশিবগী খেন্দাইদা।
চীংগী কোলোইস্থু ইমানি
তমগী মীংলেনস্থু ইমানি।
নত্তে, অনি শুদে
অমত্তনি ইমা মনিপুর॥
চীংগী লৈকোল কয়াস্থু
ইমাগী শীঙেল লৈরাংনি।
তমগী লৈরাং কয়াস্থু
কৌগনি ইমাগী লৈকোল।

মচু কয়াগী লৈরাং
লৈকোল থম্মা শাংলি।
লৈরাং নাক্তা তোইনা ঙং
লৈহী নীজবা খোইমুগীনি।
খোইদাবা লৈরাং অমদা
খোইমুই মুংশি শৈরোল শৈদমখ্রে
লৈরাং মাবু উবদা
শিন্নখ্রে খোইমুই থম্মোই!
অপাম মুংশি কয়ানা,
থম্মোইন্নংদা থমগে লেপখ্রে।
লেংদা রাশক কয়ানা
শারি নামুং লোমখ্রে।
ফংঙমদ্রবদা, লৈরাং মাবু
লৈরোই তাইবং মালেমদা।
শারি নামুং লিচিংনা
থম্মোই রাহৈ ঙোংদোকখ্রে।
ঙক্কবা ঙম্বা কনানো
মাগী শারি নামুংদা।
লৈরাং লৈশক খংদ্রিবৈ
পাম্মু রাশক লোমখিবা।

ঙৈরাং ঙৈকোন মাল্লবস্থ
ওইরমলে তিন্নদবা চৎনবী।
ধর্ম্মগী পনথৈ কয়াবা
য়েক্লবগী পলদি ওইরমলে।
মতিক ময়াই কল্লবা মীনোক
ঙৈরমলে চৎনবীগী মফমদা।
কল্লিকো সমাজ নংগী ময়াই
সমাজস্থ মীনা শেমবনি।
চৎনবীস্থ মীনা শেম্মী
ধর্ম্মস্থ মীনা শেম্বনি।
নুংশিবদি খুৎশেম নত্তে
মহৌশাগী ওইবা শিনকমনি।
অহবু কদাই ঐগীদি
নুংশিবস্থ ইরম্মাই ওইজে।
পাম্মুবস্থ ইথস্তা
কনাস্থ উবীবা ভোদেদো।
ইদোম লেপচবনা
ঐগী শিন্থা ওইরদ্রা?
অরা মৈশা লাংবনা
ঐগী ইথৌ ওইরব্রা?

চিন্তা পোংলুম পুবনা
ঐগী থোদোক ওইরব্রা ?
নীংবা কাইরবা তেংথানা
ঐগী পম্বুং ওইরব্রা ?
থংনা থংনা চংনিংলুবা
ওইরব্রা ঐগী ইরান ?
ইতোমতা ঐগী পাপ
লংরুবা ওইনা থোক্লদ্রা ?
থনবা থোক্কুবা থম্মোয়
খাংহনা লেল্লগদ্রা ঐবু ?
পুবা শুমদ্রবা মৈচাক
চাক্লা লেল্লদ্রা ঐবো ?
অংশি চেংলৌ উশুমদ্রবসু
অংশি পাওদি তানিংই ।
পাম্মু চেংলৌ য়েংনিংবনা
থা-অহলনোং য়েংবগুম য়েংলকলে ।
অংশি পাওদি তারক্কবনা
অংশি পাওবু থিরকলে ।
উথক্কী তারবা য়োংমুনা
উখোং থিবগুম থিরকলে ।

পাম্মু রাখন্দা ভাওরবা মহাক্তো
লৈরাং লৈকোল পাংলক্লে ।
লৈরাং মাগী লৈকোল্লদা
পুক্লিং রাহৈ ফোংদোকলি ।
পোম্বীগুম চিনলোক্লা
চেক্লাগুম চিন্দিম্নরিদো ।
মতম কৌবী লাইবেম্বীদি
ভাইবীবা তৌদনা চংলিদো ।
চমিৎনা ময়ুম চংলবনা
লাপথোক্লবা মথং লৌরকলে ।
পাম্মু য়ারা পুম্ননা
ময়ুম মাইগৈ পাংলকলে ।
অদুবু, লমথাংনদি মকমদা
য়েক্লা ওইবা থেংনৈদো ।
তারাগী য়েক্ল চৈফুনা
ইচাগী নোংজুগুম হৌরক্লে ।
যাইবী লৈরম্মরো হুথন
হনগ্র য়েক্লবা কয়াদো ।
তরাগী চৈনা পুন্থনা
থাংপোকম্নুংগী মাইগৈ পাংলক্লে ।

মবুক্তা মরুম কাইরবা য়েন্বীগুম
ভূয়োই ঙায়োই তৌহনা।
অদুবু, মপান্থোংগী ওইবা চৈনোদগী
খম্মোইদুংগী চৈনানা হেল্লি হায়নৈনে।
লায়না খাংবা ঙমখি
চুংশিবগীদমক্তি খন্না মাদি।
অসুম তৌনা লেনবনা
ইন্নুং শোরা ঙামক্রে।
মতম কৌবী লাইরেম্বীনা
লেপ্পা নৈতা চংখিবনা।
অসুম তৌনা লৈরীচৈ
পুরক্রে কৈরাংগী পাওদো।
খম্মোয় পোনগী চেক্লাদো
ওইগ্রে কনাগুম্বা অমগী।
য়োকচগে খন্না খম্মীবা
কৈরাং কৌবী মচাক্তো।
পোন্দা য়োকপী চেক্লাগুম
নাম্থোক উপাই লৈত্রেদে।
মাংগ্রে অনৌবা লম্বেলসু
অসুম্মা পাওবু পুরক্লে।

লৈরাংগী পাওবু ভারগা।
থরাই হকচাং খাইনবগুমগ্রে।
মউন খোক্লবা মীদা।
মোরোক মহি হৈজিনবগুমগ্রে।
অয়ুম্না মৈশা লাংবা লাংনা
মুমিৎ শিংবুম কয়া হোৎগ্রে।
থাবুম কয়া লানগ্রে
চহি কয়াম্ব কৌগ্রে।
অছুবু কাওবদি লৈত্রি
মুংশি : মাগী মৈচাক্কি।
কাওবগী মহুক্তা মতম্না হোৎগা।
হেন্না হেন্না নিংশিংনফম ওইগ্রে।
কিশাবশিংনা তেম্না য়ৈম্ন লৈরগা।
হেন্না হেন্ন পাকপগুম ওইগ্রে।
মুংশি মৈচাক লৈবনা
পাম্বু লাইথুং ওইগ্রে।
তাইবং মী'মা ওইরবস্থ
সমাজ মীরক ত্তিনখিগ্রে।
মাইবনা থাদোক্লবা অনাববু
কয়াম কুইনা ওমগনি হিংবা।

মুংশিবা মাগী লাইনাসিনা
নৈরকপবু মপুম খিত্তবা কনানো।
অদুবু হায়নৈ মীনদি
য়াহৌবী থাগমু মুংশিবগীদমক।
তৌরম্লগা সমাজগী কাম্ববা
থাখো থরাই হায়নৈদো।
অদুবু, কাম্লব্রবা পুন্সি ওইবনা
মীরক তিনবা শুমদেদো।
থৌচু মুংথক্তা থারবা লৈবু
করম্না মপান শাগনি থনসিবা।
অসি পুম্নমক খল্লুবদা
মতম কুইনা য়োক্লিংদ্রে।
কুইনা য়োক্লগা হুকচাংসে
মালেম লুম্ববা ওইখ্রে।
হয়েংকৌবা মপোক্তদি
লৈহাও লৈফমদা পোকচগে।
ঐনা শাস্নেপ কারগা
তৌজগে ইমাগী সেবা
পাজল য়াওদ্রবা হন্দকী মপোক্তি
লৌরগে তাইবঙ বীদাই।

ভাইবং বীদাই লোবা ইতোবু
লোবীগম্নকো লামা ভাইবঙও।
নত্তে, ফুংশি কাইনবগীদমক
সমাজ সেবা ওমদবগী নি।
অনৌবা পুন্সিদা চার ওম্নগা
সমাজ সেবা ওম্নবা চৎপ নি।
হন্নাক্তি লৈহৌরোকো সমাজও!
ক ইনা য়াথং লৌজরে।
লৈহৌরো বীদাই ভাইবঙও।
পান্নি বীদাই বীদাই সমাজদা।

---

# শজি অমসুং শাদানবা

মীকপ মীরাওনা থল্লবা
রাগে থিবদা রাহেদো
ভুংভাইগে থিবদা কংদেদো
নীংবা কাইরবা মহাক্তি ।
মাইথিবনা ফুংশি লানকমদা
সমাজ কৌবা মরক্তা
পোক্তে লৈনিংবা থম্মোইনা ।
মীনা ভাগ্রবা মফমদা
শোংলবা উমং মরক্তা
চীংগী নাপোম অছুদা
ইদোম লেল্লুগে থম্না
লৈরুরে শোংলবা মফমদো ।।
নোংমা কোয়ৌ ভুমিত্তা
শজি কৌবা অমনা
ঐগী নাক্তা চেল্লকই ।

মুংশা মপী হোন্দুনা
লমশাং চেল্লুবগী রাবনা
চোকথরবা শজি মশাক্কো
ঐগী নাক্তা লেপ্লরে ।
কিথি কিরম মীংথেংনা
কনবীরু ঐবু হায়রগুম
কুপ্লরে ঐগী নাক্তা ।
শজি মাগী মতৌদা
থম্মোই লকাসে
হাহৎপ্রে মুংশিবা মৈরীনা
শাৎপ্রে লরাই লুতোম ।
মাসু ঐগুম চৈথেং
কংলমগনি থল্লুবদা
পীরাং ঈহৌদবা গুমদেদো ।
ঐনা কোল্লি মুংশিনা
শিন্নবগা লোইননা পীরাংদো,
লেংদে শজি মাসু ॥
অমুকসু চেনপ্রে হৌগৎলগা
কোংদোক্তিদৈ পুক্কিংগী থাহৈ ।
অগুকপনি শজি মাবু

ওমখিদে থাখিনু ঐনা।
থনকম থংদনা লৈরিগে
মীৎকুপ থরগী তুংদা
লুপা তয়া কুন
চেল্লকই মরি মরি,
তাবাক পাইবা কয়া,
তেল পাইবা কাংবু,
নোংমৈ পাইবা মীওই ;
য়ারৌ শাদানবা মীওইদো
অথুম্বা পাওবু হংলক্লে।
য়ারৌ শাদি শজিদো
কদোম পাংনা চেনখ্রে ??
থুমকম থংত্রবদা ঐনা
তাক্লিংদবা ঐগী থম্মোইনা
খুম্মি থংদে হায়না।
অওকপনি শজি নংগীনু
লৈরম্লে য়েক্লবা অমা,
শজি খোঙ্গুল তাবনা
শজি মাইগৈ তাকপীরে।
ঊপাই লৈত্রবা শজিদো

কোইশিনগ্রে শাদানবা কয়ানা।
লাওজৈ ঐনা কনা
কনবীয়ু শক্তি মাবু
ছাৎপীগয় য়ারো শাদো
হয়া হয়া লাওজৈ
য়াবা কোবা লৈতে।
অওকপনি শক্তি মশাদা
লেংগ্রে তাবাক থুম্না
ঈনা পূমডাং ডাংগ্রে।
কথোকপ্রবা থম্মোইনা শক্তিদা
লৈগনি করম্না য়েংহ্না
মীৎয়া অনি অসিনা।
ইদোম ওইবা মরম্না
লৈখিদ্রে কম্নবগী উপাইস্ম।
থাবাক্না পাক্লবা শক্তিনা
চোংল চোংল থাংববু ট্রগা,
হরাওনা চোংলি শাদানবশিংনা
লাওরি ডংডাইয়ে হায়না
নোক্লি কাক্লা কাক্লা
শিঙ্গুরি ঐনা পীরাং

উবীবা লৈতে মখোইনা।
শক্তি মখোং মরিদো।
অনি তুনা তুন পুল্লগা
তাথোক্না লোল্লগা পুথিবা
মতো অতুবু উরগা
কাইরবা ঐগী থম্মোইনা
লৈহৌগনি করম্না খাংহনা,
পীরাং শিন্থবা নত্তনা।



# নুংশি খুদোল

পাম্না-ফমগী তাইবং থক্
নুংশি খোংহায় অহানবদা
থম্মোই থম্মোই লকা তিং
নুংশি লিচিং তুংইম্না
পাম্মু থৌরাং থুহুংইন
নুংশিজরকবনি নিঙোল নংবু।
অহুবুনে, চায়বী
তাইওম্নবা তাইবংনি
ওম্না থোক্লেদো।
চেম্নরকপা ঐগী নুংশি ঈচেলদি
মপোক কয়াদসু তিম্নরবোইদবা
হৌরককমসু থংদ্রবা
থমত্রাংনরবা তোর্বান অনিগুম
ওইররিদো নুংশিবী।
নুংশিবীবু হায়সিরা

পাম্মুবীবু কৌশিরা
লমলানবীবু খনগদ্রা ?
অহুবুনে, চান্নবী
রারকচবা ওমদ্রবা থম্মোইগী
ইনশিনরকপা পুক্লিংগী রাখলনা
কৌজগেকো মুংশিবী,
ডাকপিহৈবা নিঙোলনি
রারোবীগুকো মুংশিরুবগীদমক।
মুংশিবী নংনা মাইওনগ্রবস্থু
নংবু মুংশিরুবগী খুদমদি
সহজহানগী তাজমহলগুম থমলম্বা
নোংদম থীবনা ওমদেদো
লাইরা কোন্দা নাওকোল্লকপনা।
সমাজনদি মৌথোকপিরবা চনুবা
মহাকীদি থম্মোইগী মবেম্মা ওইরিবা,
মুংশিবা মশক খংদ্রবা মীওইশিংনদি থৌওইবীদ্রবা
ওমখিদো থাদোকপা সিংহাসন
পৃথিবী পুম্বগী মপু ওইবা
পুকচেল চাওরবা মঙাশুরবা জর্জ্জমা।
অহুবুনে, পাম্মুবী

তমলমত্রেদো থাদোক্লিংঙাইস্থ ঐগীদি
নিংথৌকোন্দা পোক্লক্রবনা।
মুংশি নংগা কাইনরবদা
হকচাং শিরবা থুংনা চেল্লিবা
মুংশবগী ঈচেস্থনা য়োম্লবা
শিংলিমুংগী তঙাংলবা ঈখেংতনা
মুংশি মৈনা চাকপদ্দা
মালেমথকী শংবাম্বরা লাইরুগুম
ঈফাংনবা ভুরেলগী মওংগুম
মীৎলু অনিদগী চেস্থরকপা পীরাং
লোইরবা খম্বা নাইত্রবা
অত্তনা ওইজগে মুংশি খুদম।
ভুংগী মীয়োলগীদমক্তদি
থমজরম্নগে পীরাংদো
ক্লোয়ী চক্ষু অমদা।
লাইরবা মপোক ওইবনা
পীরাং চক্ষু মাব থম্বা
ফুরা দলান শাক্লমদেদে।
অয়ো অত্তোন লংলবা
মুংশি মীরাইবীরবা ঐগী দি

চয়োং হাবুংনা শায়বা
শেগাইরগী থাংপোকশং অমদা
চরু রাইরুগী কৈরাদা
থমজগেকো লেংদনা ।
ময়ৌ চাওবা তাইবংনি
পীরাং নত্ত পীরাংশা
চুংশি ভাত্তোবনি থনবীরবস্থু
অখং অহৈ করাদা
পীরাং মশক তাকইল্লগা
চীংনা পরৈ কোকপীয়ু।
পীরাং মক্তা ওইরবদি
থংবীয়ুকো কয়া চুংশিজবা
চুংশিবীদ্রবা থৈনা নংবু।

---

# নাইতোম পাইবা চেক্লা

নাইতোম পাইবা চেক্লানা
মুংঙাইবা লৈতে হায়বসি
কোংদোকপা ওমক্রুশদা মীওইবনা
হায়বা ওম্বদগী হেন্দোকখ্রে ॥

নাইতোম পাইবা চেক্লাবু
থম্মোই শোক্তে হায়বসি
হায়বা ওমদবদগী হেনগ্রবস্থ
হায়বা ওম্বদগী হেনখ্রে ॥

নোক্লকনু উরগা থাইবংও
নীংবা কাইদে হায়বসি
হায়বা ওমদ্রবস্থ মীওইবনা
হায়বা ওম্বদগী হেন্দোকখ্রে ॥

নাইতোম পাইবা চেক্লাগী রাবিদ।
থম্মোই শোক্তে হায়বসি
হায়বা ঙমদম্বদগী হেনগ্রবস্তু
হায়বা ঙম্বদগী হেনগ্রে ॥

তারুবা মীওইনা রারাঁদো
রাদবা ঙম্মী হায়রুনস্তু
রাবদগী হেন্না লৈশ্রবদা
থম্মোই শোক্তবা কনা লৈবগে ??

নাইতোম পাইবা মতৌবু উরগা
থম্মোই শোক্তবা লৈরবস্তু
তুমিন্না য়েংউ লোন্না
থম্মোইগী অথুপ্পা কাচিন্দা ॥

কপ্পনা মাগী মতৌদা
নোকপা লৈত্তে হায়বসে
হায়বা ঙমদ্রবস্তু মীওইবনা
হায়বা ঙম্বদগী হেন্দোকগ্রে ॥

নোকপা য়াওব্রা পুন্সিদো
ঙপ্পা লেঙ্গে হায়বসি
হায়বা ওমদবদগী হেনগ্রবস্
হায়বা ওম্বদগী হেনগ্রে ॥

হরাওবা য়াওব্রা পুন্সিদো
লুংতাইবা য়াওদে হায়বসি
হায়বা ওমদ্রবস্ মীওইবনা
হায়বা ওম্বদগী হেন্দোকগ্রে ॥

চেক্লা নংনা নাইতোম তাদুনা
কোইনা তোইনা পাইবদি
নীংবা কাইবা নতোবু
উৎকে খন্না পাইবরা ??

চেক্লা নংনা নাইতোমতা,
কোইনা তোইনা পাইবনা
হায়ব্রবস্ নীংবা কাইরে
হেনগ্রে কাইরে তাকপা ॥

নীংবা কাইরবা [illegible]
থংদ্রবস্থু চেক্লা নত্তোদা
নীংবা কাইরবা মীওইনদি
কাইরে হায়বদগী কেনগ্রে ॥

নংগী অরাবা রারী
তর্মানিংবনা হেনগ্রবস্থু মত্তোন্দা
তম্বা ভমদবনা থনগ্রে
চাক্তাকম নক্তবা মরম্না ॥

তাইবংদা পাওজেনবা ভমত্রবস্থু
মালংবা লৈরি থন্দুনা
অশা চাওনা থন্দুনা
পাওজেনঙরি নংনা মাপংদা ॥

কদাইদা শিংলুনি থংদেদো
কদাইদা লমজুনি থংদেদো
থংবীরোই নংগী পাওজেনবু
অরেম্বদা মাংথ্রনি মাসংদা ॥

---

# মোইথাপ

অহিংনা থেংলবদা
মোইথাপ নাটগ্নিবী,
তরেং মথোন্না
ওন্‌লাংহল্লে থম্মোইসে।
পোত্থাহন্দে অহিংস্ন
য়াহন্দে য়াবেকপা।
মেনশিল্ল নাকোংস্ন
ফনা য়ম্না।
তারকই থম্মোইনা
খংলকই হেক্তা।
উইশিল্লি মীংস্ন
ফমা কম্না।
উহল্লি ভাবনা
তান্নকই হেক্তা।
অহিং থাক্তে
মুংখিল লেপ্তে।

মোইথাপ নাইরি
ভরেং লৈরি।
চরৈ তম্নবা
পাম্মু 'মাগী।
লংহুম তাল্লি
লেপ্লে নাইরি।
ভাওহল্লি ঐবু
ভরেং মথোন্না।
লংহুম তাল্লগা
মোইথাপ নাইবীনা।
ঐবু কোল্লি
ভরেং লৈবীগুম।
অহিং য়ারেকহন্দে
মুংথিল পোথাহন্দে।
ভরেংনা ভোইনা
লংহুম তাল্লি।
ঐবু ভোইনা
ভাওহল্লি মানা।
চরৈ তম্নবা
মুংশি 'মাগী।

অশা চাওনা
লংহুম তাল্লি।
কাইনা পিরাং
শিস্থরি ঐনা।
মাংখ্রে হায়রনা
থিরী অশা।
খংবীদে ঐবু
তরেং লৈবীনদি।
তোকউ হায়সি
মাগী দি মথৌনি।
মথৌ তৌরগা
মোইথাপ নাইবীনা।
ঙাওরি ঐদি
মাগী রাংন্দা।

# রাজগে

নীংবা থুংলবদা মীওইবনা
অরাবা কোংদোকপা তোক্লবদা
নীংবা থুংলোই হায়রুনস্থ
অরাবা কোংদোকপা তোক্কে।

নীংবা থুংলবদা মীওইবনা
সুংঙাইবা কোংদোকপা তোক্লবদা
অরাবা ফংলোই হায়রুনস্থ
সুংঙাইবা কোংদোকপা তোক্কে।

ভাম্নবা তোক্লবদা মীওইবনা
সুংঙাইবা ফংলরোই হায়রুনস্থ
ভাম্নবা তোক্করী মাগী মাগী
সুংঙাইবা পাম্বা মীওইনা।

অরাবা পামজবা মহাক্তি
অরাবা থাদোক্লবদা নংগী
সুংঙাইবা ফংগনি হায়রুনস্থ
অরাবা থাদোক্লোই হয়রি।

নীংবা থুংনিংদ্রবা মহাক্তি
অরাবা তোক্লবদা মহাক্না
থুংঙাইবা কংগনি হায়ন্নুনস্ত্ন
অরাবা থাদোক্লোই হায়রি ॥

অপাম্ববু থুংনিংদ্রবা মহাক্তো
লাইগী নোংদমদগী করিগুম্বা
অপাম্ববু থুংনবা থোক্লবদা
অরাবনি হায়গদ্রা, থুংঙাইবনি হায়গদ্রা ?

নীংবা থুংনবগীদমক ময়াম্না
নিবা তোক্লবদা মপুদা
নীংবা থুংগনি হায়নুনস্ত্ন
নিবদি তোক্লদ্রি মপুদা

ওইজবা পাম্বা মীওইনা
থাদোক্লবদা ওইজবা সমাজদা
কংলয়োই ওইজবা হায়নুনস্ত্ন
থাদোক্লদ্রি ওইজবা মীওইবনা।

নীংবা কাইনবগীদমক মহাক্তি
নিবা তোক্লবদা মপুদা
নীংবা থুংগনি হায়নুনস্ত্ন
নিবা তোক্লোই মপুদা।

অরাবা মৈচাক লাংনবগীদমক
অরাবা মৈচাক থাদোক্লবদা
ফংগনি মুংঙাইবা হায়দুনস্থু
অরাবা থাদোক্লোই হায়রি।

পামজবা মহাক্তি অরাবা
নিবা তোক্লবদা অরাবা
ফংগনি হায়দুনস্থু অরাবা
তোক্লোই হায়রি অরাবা।

থাংজগে হায়রি অরাবা
পুক্রন্তু অরাবা পোৎলুম
মল্লনি থম্মোই হায়দুনস্থু
থাংজবা তোক্লোই হায়রি।

রাজগে হায়রি মহাক্তি
লমহেনবা থম্মোই অদো
হাপচিনবীরকউ অরাবা কয়াদো
নিরী পীবিক্ত হায়না মপুদা।

কয়াম পুবা ওম্বগে
থেংগে হায়রি মহাক্তি
অরাবা পাম্বা থম্মোইনা
নীংবা কায়বা কয়াদো।

অরাবা, অনংবা, লাইরবা,
কবিগী কলম ফজগ্রনি
থাদোকউ হায়জ্নস্রু অনংবা
থাদোক্লোই হায়রি লাইরবা।

কবিগী কলম্না ফজবদাই
অরাবা, অনংবা, লাইরবা,
ওসিদি উহিদে কবিনা
মাগী নীংবা কাইরবসে।

মপী হাংথ্রবা খোইরেল মচাগুম
মচিঞ্জাক হুনবীত্রবা মথাশিংদো।
কংহুনা মহমদা শিবগুম
মাংখ্রেদো অরেম্বদা কনা উবীদনা।

অরাববু রানা থাংবা
মুংঙাইববু রানা থাংবা
মহাক্তো করম্বা পুন্সিনো
অওকপনি মাগী পুন্সি।

# তাইবং লম্বী

কদাইদনো ঐনা চংলি'শিবো
থুংক্ষমস্থ খংদে চংলি পংচক্তা
ষুমস্থ নৈতে পোখাকমস্থ নৈতে
রা-গ্রে-দা !!
ভাইহাকুং লেপখিগে।
হা-ই-সে, ক-না-নো-নে,
ভুংদা লাকভুনা ইনরকইবসিবো,
হন্না য়েংই কন'স্থ নৈতে।
ঈ! মুংশিংসিদি
এা নোংস্থ লাশএ
ইহমা ! নোংগৈ মুংশিংনা
তেকাপ্রে ঈ-রা লোইনা।
করম্না চংকনি'সিদি,
লেপকে তৌকই ভাইহাক
য়াদে লেপ্পা ইল্লকই,
নংনা তৌবনা নংনা কংবনি

চৎলু নংগী কম্বীনি,
হয়া য়েংই কনাস্থ লৈতে।
ই-স!! করি ঈশিংনো
চেন্থরকই'সিবো খমত্রাংননা,
থরাম্মিচাক অনিস্থ লৈরি;
চেন্থরকই মহুদগী ঈশিংস্থ
ওইরমগত্রা করম্বা ঈশিং?
পুনবা য়াদে ঈচেল অনি
খনবগুম চিংনা ময়াইদা
খল্লি ভুমতক তৌবা চীংনা।
করম্ব। ঈশিং কৌবনো
লেপ্পা লৈতে চেন্থরি
থিংবস্থ তৌদে কনা'মত্তা
থিংবস্থ ওল্লোই কনা'মত্তনা॥
ই-সে!! ঈচেনস্থ লেপগ্রে,
খমত্রাংনবা থরাম্মিচাকস্থ খুমগ্রে,
হায়দোকপস্থ তৌখিদ্রে।
অম্বু, চংলি ঐদি লেপ্পে
ওইরমগত্রা, চৎলি'সিবু ইতোমত্তা।
এ!! চৎলি অমথক্তি মাংদা
চেনথৎকে খোংবু ওইনবা,
হা-ই-স!! অমুকস্থ কাই

য়াদে চেনবা হায়না
হন্না য়েংঙকনাসু লৈতে।
আই! মী অমসু লাকএ
ও...! অনিদো খেংনথ্রে,
আই! চৎখি কৌনদে
তুমিন তুমিন থৈরগা।
য়ৌরগা ঐগী নাক্তা
হংগে, কনানো নংবো
কদাই চৎলিবনো হায়না।
ঐসু চৎলি অসুম
লাকই মাসু লেপ্তে।
ইহে! হেন্দোকখ্রে,
নংহৌদ্রে কৌবসু!
ঐসু হনগে মীসু হৈরে,
হন্না য়েংলুই ঐনা
ই! লম্বেনসু মাংখ্রে
লম্বেল অতৈসু লৈত্রে
মাংগী অসি নত্তনা।
ইস!! ঈশিং ঙাক্তা; হীসু লৈতে
এ! মহাক্তি আদা লৈখ্রে
লাপথ্রবা তুরেলগী রাংমদা
মী ময়াম লৈবা মফমদা।

করম্না লানবনো মহাক্তি !
ঐস্লু লানগে ঈরোইরগা।
হাইস !! কনা-নোনে।
অমুকস্লু লাকতুনা ইনরকই
হনথা য়'দে হায়না।
নংগী লম্বীগা মান্নদে, মাগী লম্বীগা
হন্না হন্না য়েংই কনাস্লু লৈতে।
কনানো নংবু য়েংলবস্লু
খুম্বীদে কনামত্তনা।
শোংলবা উমং চিক্লবা মফমদা
করম্না ইতোমতা চৎকনি,
লৈতে লম্বেলস্লু অনিস্লুনা
চৎলিবা অসিদগী হেন্না।
হা-ই-স !! কনাগী মখোলনো
লাওরকই অত্তোপ্প' অমনা
কিগম্লু, থিনগনি ঐনা
য়েনবা নংগী য়ুম।
লাক্কে মশাদি কনা ওইরমগদ্রা !!
ঙাইগে তৌবস্লু য়াদে
ইল্লকই হেক্তা, লেপ্পা য়াদে।
মফমস্লু থংদে কদাইদনো।
থুংকমস্লু থংদে চৎলি পংত্তা।

# পস্থৌ য়াথং

মম্নবা অহিংগী তাংলৌ ঙৈনা থেংনবদা
শক্লি কৌজেং হাখৌনা নাওশুম ঈশৈ
অরা পোথা, তুমথুন হুন্লি তাইবংনা।
নুংঙাইনা য়ারেক্লিবা তাইবংশিংবু থুগায়খোই হায়বশুম
থোক্লক্লি অমথক্তি কৌজেং হাখৌগী মরক্তা
কপ্লি খোঞ্জেন খাংনা থম্মোই শোক্লা।
লেপ্তে কোয়ো নোংজা খুঁদিংগী কপ্পা
কৌজেং হাখৌগী মরক্তা মানা কপ্পনা
তিনখ্রে মাগী খোঞ্জেনসু নওাশুম ঈশৈ'লক্ত।
চংখি ইনুং শোরা তৈরগা খাংপোকনুংদা
লোৎনবা হোৎনরি লেপ্তনা শিঙ্খরিবা পীয়াংদো
তৈথোক্লি হুন্না হন্না ফীজিনা কংনা।
উগ্রনি পীরাংসে নাওয়োক তল্লিবী পলেম্না
খংগ্রনি মাগী অরাবা হায়না চিংনবনা
মান্দনবা হোৎনরি মীওইবই ভরাবা শকফমদো।

থোক্লক্লে অমুক্না ওসিন্দ অতাংবা থেনলোংদা
খাংওমদ্রে কপ্পিংবা, হায়বগুম চেল্লকই মকমদো।
অমুকস্থু কপ্পরে কাক্লিখা খোজৈম্না রাংনা।
কনা তাহল্লোই খম্না কপ্লিবা খোজ্জেলদো।
তাদ্রে অহল অমথক্তি নোংদম্বনা শিনবগুম
লেপ্পরে, মনাক্তা উত্রে উহল্লিদেবা শকক্মদো।।
মথোক কাপ্পক্লিবা তম্বা নংবো কনানো
নত্তো উক্রবদা শোক্তবা ভমদে থম্মোহ
হায়যু নতেং পাংগে রাশকখি অহলদো।
রায়বদা সুংশিবীব্রিবা পম্মো মাল্লবা মতোন্দা
মাগী রারী করম্না পাওদমদা তোকসিগে,
লৌনম রাহৈনস্থু করম্না পাওদমসিগে থজ্জখিদো।।
ঐগীদি পম্মো মাল্লবা সুংশিব্রবা ইপাও।
ইপাগী চেংলৌ উক্রবদা লমজিংবীদোবোই নীংই
চিথদা ভমজগে মচাগী অরাবা রারিদো।।
কাইবখি, নিঙাই খরদগী পম্মোদো পলেমগা।
তাকপীখি পম্মোনা, নরা ওইরিবা ঐতোন্দা
ইপাগীদি ইবুংঙো; মপুক্তিদা পলেমগা চংনগস্থু হায়না।
ঐগীদি পারি ওইরিবা ইপাগী য়াথং তাক্লবদি
ইচানা পাইক তৌরুবা পুম্নমক্তী শিনক্মদা

নমাই পাকত্ত লেপ্পা ঙংবা শুইদুনৌ।
হপাগা য়াখং তাকথবাদ তাইতনবা চৈথুনৌ
তৌরু-তৌরুবা থবক্তা মাইথিবদা ঙংজৌকো
অসুম্মা তাকপাথি পম্মৌনা নোংঙাঙবদাইগী পুংকমদা॥
কনা লৈতক্রবী পলেম্বু কনানা রেংবীগনি
ইশাগী য়েংহুনা পপেম্বু হুন্দোকদগে থন
পলেমগী সেবা মতোন লোয়গে চংজরে।
অদুবু, পম্মৌগী য়াখং হিক্তোকলুবা ঐহাক্তি
পাইরু তৌরুবদা মাই পাত্তুবনা লমজিং ওই
ঙমত্রে পলেমগী মনিং থুংহনবা সেবাদো।
পলেমগী সেবা নীং-থুংনবা তৌবা ঙমদবগী
নীংবা কাইবনা ঐগী ইথৌ ওইরবস্থ
পলেমগী মাংদা পীরাংসে উৎলোই থনত্রে।
তাপ্রগা ঐগী রারীবু পলেম ইমানা
মচা ফহম্মিংবা মমা ওইবীগী পুকচেলনা
চংহল্লোই কিবনা সেবাদো, লোৎনা কপ্লিবনি॥
ঐগীদি পারি মাল্লবা ভম্বা হৈবুংঙো
তারুবদা নংগী রারীদো, ঙমত্রে থম্মোই পুবা
থল্লুবদা থম্মোই লকাসে, চাকত্রে থাম্বী মৈগুম।
অদুবু, ওম্বদি নত্তেদো ঐনা, নংগী মতেংদি

চৎলু, লৈরম্ম মসিদা ; তম্মুচো পলেমদা
খংদবা হৌনদে মমা ওইবীনা, কোক্কবা মত্রদো ॥
তম্মুরো, রারীদো অহলগী পাওতাক তৃংইমা
ইমুং ওাল্লবদা, তুররে পলেমগী মথোং খাদা
পীরাং শিঙ্গবগা লোইননা লৈশি লৈথোন্দুনা ॥
'ইমাগীদি ইবুংঙো, ওল্হোকপা পোৎলুমবু পীরম্মবোই ।
নংগীদি পম্বৌ ওইবনা, মহাকীদি মচানি ;
ঐগীদি ইচা নত্রা ॥ মানি, ঐগী স্মু ইচানি' ॥
ইমাগী ইবুংঙো, পম্বৌগীদি পারি ওইরিবা
পম্বৌগী হরদি লৈখা তাবা য়ারোইনে,
লেম্না মাংবস্থ হৌনদে, ইমাগীদি থরাই ওইরিবা ।
অহুবুনে, ইমাগী ইবুংঙো ; ঐগীদি পারি
পম্বৌবু কোরৌনস্থ থাংদে, মালেমস্থ ইমাগুম লুমদে
মাম্নরিদো, কোরৌনস্থ হেন্দে মালেম্নস্থ থোইদে ।
অহুবুনে ইবুংঙো, তাই বংশিংদা চল্লবা
মচা ওইবশিংনা পলেমগী খোম্লাং লম্মন্দি
নাম্মা কানা শিংবা ওমদে হায়নৈদো ।
ঐগীদি থরাই ওইরিবা, ইমাগী ইবুংঙো
শিংবা ওম্লোইদো খোম্লাং অমাই লমনফাও
অঙাং নাম্না ওইবনা, চাওদ শারেপ্ কাদবনা ।

অহুবু, পম্থোগী য়াথং ঙাকপা ওইনা
ওইথংবা খোম্লাংগী লমন শিংবা শকচরো,
ইমানা লৌশিল্লে ইচানা শিংবা লম্মন্দো ।
অহুগনে, ইবুংঙো ; পম্থোগী কাইদবা ঈ-মক্তা ওই
ইমানা থা তরা নাওপুবা অশেংবামক্তা ওইরবদি
ইমাগী বরস্থ থুংবা ওইযুকো পারি ।
ইচানা পাইক-তৌরুবদা নথাই পাকচরো
মীথোইবা ওইয়ু, লেপ্পা ফংবা ওইযুকো ঙসিদগী
অস্থম্মা মচাগী মকোক্তা খুংশিনা নাম্ববী ॥

—পোথাবীরসি—



